ꯃꯆꯨꯁꯤꯡꯒꯤ ꯃꯆꯨ

# মচুশিংগী মচু





লেনিন

# মচুশিংগী মচু

লেনিন খুমনচা



পেত্রিওটিক রাইটর্স ফোরম, মণিপুর

MACHUSHING-GEE MACHU

a collection of manipuri verses

by lenin khumancha

first impression is published in 2011
by khumancha foundation, khangabok
on behalf of patriotic writers' forum, manipur.

acknowledgement
nabakumar oina, birendrajit naorem, rajmani ayekpam,
r j meetei, bidyasagar, netrajit, imojit, randhirkumar, sudhiranjan,
budhichandra, meira, rakesh, opendro, kenebo, devachand,
parsuram, maikel, bheigyachandra, piran, bishworjit,
nabachandra, members of aisf, msc
and those who help to the author.



price : rupees one hundred and thirty only.
number of copies : eight hundred.



cover
maikel konthoujam

illustration
bheigyachandra thingnam

dtp
patriotic writers' forum, manipur.
printed in manipur
at lamyanba printers, konung lampak, imphal - 01

# মচুশিংগী মচু

## য়াওরিবশিং

. . . . . . .

# অহৈবগী ৱা

ইরিবসে করিনো খণ্ডদনা ইরিগৈ মতমদা ইফমদা লৈখিবা নিশাদুগা, হৌজিক লাইরিক ফোঙলবা মতুংদা ইফমদা লৈরিবা নিশাসিগদি হায়ফম খণ্ডদবা অমগা লোয়ননা খেন্নরে। ইবা হৌরকপা মতমদুদদি করিগুম্বা ঈথিল অমদসু(হৌজিক্তি করিসু খনদ্রবা) করি করিনো ময়াম অমা হেক্তা ইবা ঙম্লমই। মসিক্লা হৌজিক্তি য়াম্না খণ্ডলে হৈরে হায়বগী ৱাফম নংচদে। খেন্নবা অদুতং থমজবনি।

২০০৭কী নবেম্বরদনি ঐগী শৈরেংগী লাইরিক অমা ফোঙখিবদু। লাইরিকসি ফোঙলমদাইগী মতমদা অখণ্ড অহৈ, ইথক থোংবা খরদা য়েংহঞ্জখি। মখোয়না তাকপিরকখিবা পাউতাকশিংদুনা ইফমদা কান্নবা কয়া ফঙবা ঙমজখি। মসিমক্লা অনীশুবা লাইরিকসিদদি খরা কন্না হোৎনজখি।

তশেংনা ইবসি পামজবনা লমজিং ওইরকখিবনি, হৌজিকসুনি। অদুবু পামজবগী ইফম থোকপা খরদুতং ইবদি হৌজিক তশেংনা পামদ্রে। লমসিদা চঙশিল্লক্লবনিনা করিগুম্বা খরা তৌরগে হায়নসু থম্মোয়সিনা লেপচরে(মায় পাকপা নৎত্রগা পাক্তবা হায়বদুনা ৱাফম অমনি)। হৌজিক্তি তপ্না তপ্না লুশিলক্লি। ইশানসু খণ্ডজরক্লে, করিগুম্বা অমা ইবা হায়বসে অরায়বা ওইরমদ্রে।

হৌজিক মণিপুর খুন্নাইসিদা শৈরেংনা করিশু তৌবা ঙমদে অদুবু মণিপুরী সাহিত্যদদি শৈরেংগী অকনবা ঈচাউ থোক্লি হায়বসি সাহিত্যগী লমদা লৈরিবা মীওইশিং খক্তা নত্তনা অতৈনসু কন্না ঙাংনরিবা ৱাফম অমনি। মরকসিদা ঐগী শৈরেংশিংসিনা করি তৌবা ঙমগদৌরি? কয়ারক খনখিবা ৱাখলনি। হৌজিক শৈরেং ইরিবশিংসিনা খণ্ডখিদবদি য়াই অদুবু করিগুম্বা খরদি শোইদনা তৌরক্কনি। তৌরক্তবা য়ারোই। হৌজিক কাঙ্খথাংনি হায়নরিবা মণিপুরী শৈরেংশিংসিনা নোংমদি শোইদনা কান্নথাং ওইরক্কনি। খুন্নাইসিগী হিমায় শোয়দনা চুম্লকখিনি। কান্নথাং ওনবা ঙমদ্রবা শৈরেংদুদি অশিবা শৈরেং ওইনা লৈখিগনি। কান্নথাং ওনবা ঙম্বা শৈরেংদুনা মতম পুম্বদা ঙানদুনা লৈহৌগনি। মসিদি মাংলমচৎনসু শক্কিনি।

- লেনিন খুমনচা

# লাইরিকসিগী ৱা

পেট্রিওটিক রাইটর্স ফোরম, মণিপুরনা হেক শাফোঙলকপদগী ঙসি ফাওবদা মণিপুরী সাহিত্য চাওখৎহন্নবগী পানদমদা তোঙান তোঙানবা থৌরম কয়া পাঙথোক্কুনা লাক্লি। ২০০৮গী ফেব্রুৱারী ১০দা লিংখৎখিবা লুপ অসিনা তেনখ্রবা চহী ৪ রোমগী মতমসিদা লাইরিক ২৪শু ফোঙদোকপা ঙমজখ্রে। মরকসিদা লুপ অসিগী হান্নগী সেক্রেটরি লেনিন খুমনচানা ইবা "মচুশিংগী মচু" হায়না মিংথোনবা শৈরেংগী লাইরিক অমা ফোঙদোকপা ঙমজবসে থোইদোক্লা নুংঙাইবা ফাওজৈ। লেনিন খুমনচা মমাঙদসু মশাগী শৈরেংগী লাইরিক অমা ফোঙখ্রবা অমসুং খোমজিনবা শৈরেংগী লাইরিক অমগীসু ইদিটর ওইখ্রবা নহা অইবনি।

লুপসিগী ২৫শুবা লাইরিক অসি থম্মোয় শেংনা মীয়ামগী মফমদা খূৎশিন্নজরি।

রাকেশ নাউরেম
সেক্রেটরি,
পেট্রিওটিক রাইটর্স ফোরম, মণিপুর

# ঙা মমীৎ

পুকচাক্কীদা খনবা
তুংগী পুন্সীগীদি খনদবা
ঙা মমীৎকী মতৌবু
অথোইবা লোনচৎনি খনদুনা
মীওইবনা কোয়তান তান্নরি
ঙা মমীৎতবু।

কোৎথোক্লগা মশা মশাগী মমীৎ,
পানশিল্লি ঙা মমীৎ।

ঙসিদি
ঙা মমীৎকী মমলনা
অহিংবা মীগী মমলদগীসু হেনখ্রে।

থা কয়া চঙলবসু চঙনা
অহিংফাওবা য়ারেক্লরি
ঙা মমীৎকীদমক।



# ঙাহৈবা

নুমীৎকী মঙালনা
মফম খূদীং য়ৌরক্লম্মী।

তূমখুন তাল্লুবা পূম্বা
তূম্বা কায়রদুনা হৌগৎনরকই।
মমীৎ নোইরা নোইরগা
কোয়চেন চৈন্নে।
মায়কৈ খঙদা
খাদা ব্বাংদা নোংপোক্তা নোংচুপতা।

নুমিদাং হায়বদু লৈখিদ্রে।
মতূম তারম্বা মালেম
পূম্পাক পাকখ্রে।

মালেমগী থব্বায় পানবা অমত্তা তূম্নদ্রে।
তূম্নবা হীদাক মশীং খঙদনা চানরবসু
তূম্বদি লায়রদনা তূম্নিংবা ফাওহনবা ঙমদ্রে।

সাইন্টিষ্ট পূম্বা মকোক ঙাওরে।

মচুশিংগী মচু ঃ ১৪

নুমীৎ অসে
নোংমা নোংমগী ঙানবা হেনগৎলক্লি।

অমম্বা হায়বদু মাঙখ্রে।

মালেমগী মীয়াম পূনদুনা ম্বা তান্নরে
নুমীৎপু অমুক্তা মমহ্নসি
অদুবু সরেনদর তৌনরে ঙম্লরোই হায়না।

হৌজিক করি পাম্বে লৈরি?

তূম্বা ফংদদনা শিবা

নৎত্রগা

নুংশাগী মৈশাদা চাকথেকচহনদুনা শিবা?●

মচুশিংগী মচু ঃ ১৫

# ঈমা মসিবু

অনৌবা পুন্নারী অমগী মঙ মঙলুবশিংগী
অঙাঙবা মমীৎতগী চেপ্পুরকপা ফোঙ ফোঙ শারবা পি
ব্রোঙ ব্রোঙ শৌরবা ঈশিং হৈজিনদুনা চামথোক্লি।

মখোঙসু মখূৎসু পুনশিনবিরি
মচীন মেনশিনবিরে
মকোকসু থুগায়বিরে
অনৌবা মঙ মঙবা মী উবা য়াদবশিংনা।

কায়রবা মকোক্কগী চেপ্পুরকপা অঙাঙবা ঈখেংনদি
য়ূমথোঙ খূদীং তম্লক্লি
অনৌবা পুন্নারীগী মঙ পুরদুনা।

য়ূমথোঙ খূদীং
লৈরক খূদীং
লৈকাই খূদীং
অনৌবা পুন্নারীগী মঙ ঙাক্তা।

মঙ
ঈমা!
মসিবু মঙ ওইনা অসুম্মক তোক্কদৌরিব্রা?

মচুশিংগী মচু ঃ ১৬

# নোংথাঙগী জগোয়

ঙসিগী
নোংপুবা অমুবা লৈচিল মপৈ
কয়াদা পুকচেল চাউবগী মতৌ ওইরিবা!
খৌরাংনা ঙাইজবশিংগী
অৱাবা অদু উবিরে।

নোংথাঙ কৃপখ্রে
অখাক অরাওগা লোয়ননা
চুথরক্লগনি নোং শোয়দনা।

কদায় নোং
কদায় অমুবা লৈচিল মপৈশিং?

অতিয়াসে
ইহাঙ হাঙখ্রে
তরু তরুনা।

থা থৱান্মিচাক থোরক্লে
নুমিদাং মতম ওইরদুনা
লৈবাক মপূগী মতৌগুম্লদনা
মহাক্কী জগোয়সু লোইশিনখ্রে
থম্মোয়তমক থুগাইরম্লগা খৌরাংবশিংগী।

# খোঙফম শ্বাইদরা

পম্বুংফম তম্লিবা হিনাউশিংগী মরক্তা
য়াওশিল্লকই খোঙবু শানা
লূরবা ঈচেলদা কাওশিং ওইনা।

নৈরকই ঈচেল-
কাওশিং কাওরাংনা পীক থনগৎলকই

খনদোকফম খঙখিদ্রে

মসিবু হিনাউশিংদুরা
পম্বুং তম্লিবা?

নৎত্রগা,

মসিবু ঈচেল্লা
নাপী শীংনাংনা থল্লবা?

মরুপশা!

মায়থীবা হায়বসিবু
খোঙফম শ্বাইদরা?

মচুশিংগী মচু ঃ ১৮

# সভ্যতা

অরীবশিংনা
অনৌবশিং পুদুনা লাকই ,
অনৌবশিংদা
অরীবশিংনা তিনশিনদুনা লৈ।

(২)

মহৌশাগী অওনবশিংনা
ওলহনবা ঙমদ্রবসু মীবু
খুৎশেমগী অওনবশিংনা
ইরায় লাইনা ওলহল্লি মহৌশাদি।

(৩)

লাইরবশিংনা
পূকচাক হুল্লি ঈনাকখুনবশিংগী।
ঈনাকখুনবশিংনা
চাকলূক মুল্লি লাইরবশিংগী।

(৪)

মালেমসি
নোংমা নোংমগী চাউখৎলক্লি।

মীওইবনা
তপ্না তপ্না পীকশিল্লক্লি।

মচুশিংগী মচু ঃ ২০

## নূং ওলহল্লবা নুংশিবা

পুন্সীগী নুংশিবা ময়াম্বু তাশীননবা
কন্না হোৎনরি

অচৌবা নূংপাক অমা ওইবা ঙম্নবা।

হক্কনি নূংপাক অদুদা

নুংশিববু তুকৎচরকখিবগী ৱারীদুসু ঐগী
খঙহৌনবা ঐনা হিংলিঙৈ
অমসুং শিঙ্খ্রবগী তুংদসু
নূংগী থম্মোয় পানবশিংদুনা।

মচুশিংগী মচু ঃ ২১

# নুংশিথেল তোর্বান

নুংশিথেল তোর্বান

পুৱারী অমা

অশিবগী মরোলনা থাগৎলবা
পুৱারীসিগী ইচাই চাইরবা চেনাশিংদগী কারকপা
ফোঙ ফোঙ শারবা মনিল
নোং ওনদুনা চুথরক্লি তোর্বানসিদা।
অঙাঙবা নোংনা হকচাংপূম্বা চোৎলবা
ফী অমত্তা থোংদ্রবা অশিবশিংনা
কৃক কৃক ঈন্ননা চৎলি
ইচাই চাইরবা পুৱারীগী চেনাশিং নেৎ নেৎতুনা
মখোয় মশা মশানা ওল্লু ওল্লুবা মায়কৈশিংদা
চৎপদমক মচৎলি মখোয় কৃক কৃক ইন্ননা

চাইথোরকপা চেনাশিংদনা তারি
অশিবশিংগী খোঙ্গুল।

মচুশিংগী মচু ঃ ২২

# কাঙ

যূমজাউ,
ইতেক তেক্লা হোরবা যূমজাউ
কাঙ,
শক্তিনা য়োন্নবা মতমসিগী কাঙ

যূমজাউ অসিদা
ঙংল ঙংলগা পাইশিল্লক্লি কাঙশিং

চূপ্লি
ঈ
নিশাগী ময়ায়না ইশি শিনা
তাদুনা লৈরিবা হকচাংশিংদগী
মখোয় মখোয়গী মবূক থন্নদ্রিফাওবা।

তাদুনা লৈরিবশিং
তাইফেৎ তাইরবা অশিবা ওল্লক্লে।

কৈ ওল্লক্লে
কাঙশিংনা।●



# টাইটানিক

অতৈগুম

তোংই ঐসু
করিসু নাচুংদনা
অকি অখং অমত্তা য়াওদনা।

তারক্লবদা অৱাবা
শকখঙদবা তাইবং অমনা
তপ্লা তপ্লা চীংশিল্লকই।

চনিং তারক্লবা মতমদদি
লৈরমদ্রে অকোয়বদা অতৈ কনাসু
শূপ্লতংগী মোমোন নোক্লিবা জেমস কেমেরুন নত্তনা।

মচুশিংগী মচু ঃ ২৪

# লমথুংফম য়ৌবা নাহিদবা খোঙচৎ

লোইনাইদ্রবা পুন্সীগী
ঈশৈ ময়েক খরা
ঙংল ঙংলগা
খোঙশাল্লি
পূন্নবা লোক লোক লাউরবা
হকচাং কয়াৎশিং পুরদুনা।

নুংশীৎকী শহুমদা
নুংশাগী মৈশাদা
কীহ্বরক্লি
তোংশানা
ফ্রোঙ ফ্রোঙ।

শরুতা ঙায়রবা খূৎশাশিংনা
ফাজীনবা লাক্লরি তোংশাশিং।

লূন্নবা খোঙনসু
মঙম শান্ননবা হোৎনরি

লমথুংফমদি মমি তমদ্রি।

# সহরগী হূই

নুমিদাং

স্ট্রীট লেম্পকী মৈঙালনা
মীগী মহূৎ শিল্লবা মতম
সহরগী হূই
মৈঙালদা
তান্নবী শান্নৈ
মশামক্কী মমিগা।

চেল্লু চেল্লুবা মায়কৈ খূদীংদা
মুৎশিরবা মৈঙালনা
হূরানবগুম লুম লুমদুনা লৈরম্বদগী
চোকথরক্লবা হূই
সহরগী নমথী হান্নৈ মনমদা
হেন্না মকোক ঙাওরক্লুনা
তপ্না তপ্না কৃন্থখি
বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্ককী হোজংদা।

মচুশিংগী মচু ঃ ২৬

# মল্লবা লাইশঙ

কুমজা কয়াগী মমাঙদগী লৈরক্লবা
লাইশঙ অসে
হেক হাংদোকপগা উগনি
লিনশিংনা জগোয় শাবা।

ঙসিগী মীরোলনা থওইবিদ্রবা লাইশঙসে
তাইবং মপুবু লুনা লাৎচবা মনাই অমনা
চহী কয়া সেবা চৎচরম্বনি
অয়ূক নুংথিল নুমিদাং।

তাইবংপাল থাদোকখি মহাক
সেবা তৌনা তৌনা।

তপ্পা লোনশিনখি মল্লবা লাইশঙসিগী থোঙ
মতোম্মতা।

মতম কয়া হৌখ্রবা
নীংশিংনদ্রবা মতম কনানসু মাবু
হাংদোরকখি নোংমা
লাইশঙসিগী থোঙ
অহৌবা খোঞ্জেল অমগা।
লাইশঙসিদা
চেনশিনদুনা য়েংনখি মীয়ামা ইঙক ঙক্লা
ঙসিসু য়েংনরি।
অয়েংবশিংনা
ফাওনরি অকিবা।

ঙসিসু
লাইগী শক্তমনা ওনখিবা লিনশিং
শারি লেপ্তুনা জগোয়।

মচুশিংগী মচু ঃ ২৮

# অশেংবা নিংতম্বা

নখোয় লিনপুবগী লিন ওনখিগনু।

কয়াদি কুইরে!
লেল্লক্লিবা মখোয়গী লূবাক মনুংদা
নশাগী নীংতম্ববু ফংদনা।

থিরিবনি মখোয়না
শুমহৎঙম্বা সুর নখোয়বু
লেপ্লাইদনা খোংলক্কনি মখোয়গী বিন
নখোয়বু পঙথহন্নবা।
পঙথখ্রবা অমুক্তংবু মখোয়গী সুরদা
লেনবা তাই নখোয়
মখোয়গী লূবাক মনূংদা
পুক্নীচূপ্লা
ফাদোক অমা ওইনা
ফংদনা নীংতম্বা হায়বদু।
অদুনা
ওনখিগনু নখোয় লিনপুবগী লিন।
নখোয়বু খুমজিল্লিবা মখুম হেক হাংদোকপগা
পাইশিল্লু নখোয়বু শান্নগে থৌরাংলিবা মখোয়গী মায়কৈ তম্না।

# তাইবঙ মচা অমা

ঙমখৈ লৈতবা অতিয়াদা
নুংশাগী মৈশানা জগোয় শারি
লৌবূক লমহাঙশিংদা খোঙ থীল্লদুনা।

লৌতাংশঙগী শাইজিনশিংদা য়ারেক্লন্বা চেক্লাশিং
পোপ পোপ তারক্লি ইচুমগুম
লৈত্রক চৎলবা লৌবূক্তা।

মকোই কোক্কনি কাউরবা লৌমী
নোক্লিংদা নোক্লিংদা নোক্লি,
হল্লকপা উবদা মখোয়
হরাওনা চেম্থোরক্লিবা
মফি থোংদ্রিবা মচাগী মতৌদা।

নোক্লিংদবা মপুরোইবগী মায়থোঙদা
থরক্কী মীহূল মফম খঙদ্রি য়ূম্নুরেম্বী
নীংশিংবা পামলক্ত্রি ঙরাংগী অৱাববু।

মচুশিংগী মচু ঃ ৩০

# অপৃম্বা ঙা

ইরৈকায়

খনবা ঙমদ্রবা অফবা ৱাখল
মীৱাদা নুংঙাইজবগী
শাথীরবা লায়না অসিনা
লাঙ্গোয় চনশিনখ্রে।

চাগোক ফবী
লায়না অসিনা
চোং চোংদুনা চৎলি অতমননা
ঈনখৎলক্লিবশিংগী হকচাং মনুংদা
হাউরবা য়ু ওইনা
নৎত্রেগা মায়তৈ হীদাক ওইনা।

ঙসিদি,
লায়না অসি পক্তবা মীওই অমত্তা
লৈত্রে ইরৈকায়দা, লৈবসু য়াদ্রে।
লায়না অসিনা
ইরৈকায়সিগী মীপূম খূদীংসু
য়োকপিরক্লি
অপৃম্বা ঙাগুম।●

# নীরমহল

নীরমহল

নঙগা হেক মীৎচান্নবগা

নীংশিংহল্লি
ঐগী লোক্তাকপু
কায়রবা শক্তমদো
মীৎমাঙদা উরকই।

অদুবু

নঙ
মাগুমনদি তৌররোই।

ঐ খঙই
নঙগী নচাশিং

মৈ ঈল্লবা সনা ঙাক্লি।●

মচুশিংগী মচু ঃ ৩২

# য়াউশঙ

যূমথোঙ খূদীং
চঙলি নাক্ক থেংবা
ঈশিং ঈচাউ ওইনা।

শিকি মখায় লূপাগী মমল লৈত্রবা লমদম
অঙাংশিংনা পামগনগদবা পোৎশক ওনদুনা
নতুং ইলহল্লি অঙাংশিংবু ।
মপূঙ ফাগৎলক্লিবা পাখঙমচাশিংদনা
ফজরবী নুজাগী শক্তমদা
কাইহৌরি মখোয়গী থম্মোয়।

য়াউশঙ,
নঙগী ঈগী অবের, অশিবগী ঈশৈনা
মচু ওল্লে, মশক হোংলে
ইরমদম।

মসিদবু
ঐনা
নঙবু নুংশিনা
কোনদুনা লৈখিগদ্রা?



# লমশিশিংগী মমি

মতমসিগী
লমশিশিং
তাউথরক্লি নীংঙাইদনা
মবূক থল্লবা তুরেলশিংদা।

শান্নরি লমশিশিংগী মমিনা
কৃম্মৈ কয়া
মশা খঙজনা নৎত্রগা খঙজদনা
পুন্সীগী কৃম্মৈবোয় ওইবা ঙমননবা।

চাক্লম্বা মৈরীনা
মূৎলমদাই

লমশিশিংনা
ঊরীগী উপাল মরক্তা
লেপ্লরি মশা তাশিল্লগা
পুন্সীগী মমি
অমুক্তং ওইজবা ফংলবদি খন্না।

মচুশিংগী মচু : ৩৪

# ঈরৈ

মুৎথৎপা ঙমদ্রবা কল্লবা নোংজুনা
মৈজাওগী মৈখৃ মপৈ মপৈ
তিনশিনখ্রি চীংশাং নাপোমশিংদা
থাঙশাং ওনদুনা থাঙ্গালগী।

(২)

য়াচল লাক্রুবা শগোলশিংনা
মনাক নক্লকপশিং
কাওথোরক্লি শাফৃ কন্না।

(৩)

য়েৎচরি মনীং তম্না
লৈচিলগী ঊরীনা চীংজাউদা
অনৌবা পুন্সী অমগী
মৈ, ঈশিং, নুংশীৎ চঙলরোইদবা।

# হিংবা মান্ন হিংদ্রবা জীব

ইমুং মনুং, কৈরোই লৈকাই
খৎন চৈনবা, লাউন ঙাওনবগী
অয়াকপা খোঞ্জেলদা
তূমশীৎ ফাদ্রবা
পীক্লিবা অঙাংশিং
উফূল মরক্তা, লৈখোম লৈনাং মরক্তা
শান্নরগা
পেঞ্জরি।

অয়ূক নুংথিল নুমিদাং
মশক খঙদ্রিবা পীক্লিবা অঙাংশিং
চেনবা হৈরম্বদগী চৎপখক হৈরক্লে
চৎপসু ঙমলক্তবদগী ষণ শাবতা
মমৈদনা উতূপ তাবগুম শূপ্লতংগী উপ্লতমক।

অয়াকপা খোঞ্জেলগী চক্রদগী
নাস্থোকপা ঙমদ্রবা
মমীৎ উদ্রবা মমা মপাশিংনা
কোয়মা মারক্লি মখোয়গী পীক্লিবা অঙাংশিং ফমুং মথক্তা
তূম্লি অঙাংশিংনা কাঙ্খদা স্বর হোনদনা।

মচুশিংগী মচু ঃ ৩৬

# ঐখোয়গী মহৌশা

মপোকসিমগী নাম্ভোকপা ঙল্লরোইদবা
ফাদোক অমা ওইনা
হিংলক্লি ঐ।

নিনদা তৌফম থোকপগে
কনাদা?

মসিনা ঐখোয়গী মহৌশা ওইরক্লিবনি।

তুংদা চৎলি ইমানা
ঐবু মমাঙদা চৎহল্লি ফাদোক অমগুম
ইন্নরি ইপাসু, ইচলশিংসু।

থাঙ্গৎলদুনা শক্তি য়াওদ্রবা খূৎ
মূনা মূনা য়েংনরদুনা মীৎনা
মমা মচাগী নুংশিবদা
মপা মচাগী মরীদা
মচীন মনাওগী ওইনজবদা
কপমিন্নরি মখোল থোক্তা
ঐগী ইমুংদা
ঐখোয়গী অতিয়াদা।

মসিনা ঐখোয়গী মহৌশা ওইরক্লি।

মচুশিংগী মচু ঃ ৩৮

# অমনবা ফীজং

কায়রবা পুলদগী
চেস্থরকপা ঈ
তপ তপ নপথোক্লি
মল্লবা ফীজংনা।

হৌজিক
চূপশিনবা ঙম্বগী পনখৈ লানখ্রে।

চাউরবা শো অমনা
কাগী থোঙসু
লোনখ্রে চেৎনা
ইচিক চিক্লে
উপায় লৈজদ্রবী মহাক্তমক ঙায়হৌরে।

নুমীৎ তাখ্রে।
থোরক্লে
থা, থৱাম্মিচাকসু।

মহৌশাগী খোঙচৎতি কায়দ্রি।

গলিগী কা
মঙাল অমতসু ফংদে।

অমম্বা মরকসিদা
মমীৎ লাওথোক্কুনা থিরি
অদুবু
কদোমদনো?

লৈত্রবসু উপায় করিমত্তা
ঈ লূপ্পবা মোৎলবা ফীজংদি
উরি ময়েক শেংনা।


মচুশিংগী মচু : ৪০

# অনৌবা গ্রহ

অশিবশিং মরী মরী থোরকই খূৎশম্নরদুনা
মঙলৈবাক্তগী
লাউরকই লৈমায় হেক য়ৌবগা,
"হল্লক্লবনিনা ঐখোয় অমুক
অশি লৈবাক্তা চৎখ্রো অহিংবশিং অমুক।"

শিনিংদ্রিবা অহিংবশিংনা
হাৎপা হৌরকই অশিবশিং।

শিথ শিথ নোক্কুনা লৈ অশিবশিং।

অশিবশিংগা লাম্ছেংনরিঙৈ
চাগনি থক্কনি কাউরবা অহিংবশিং
পাঙ্গল ময়েং তারে, লাম্ছেংনবা ঙমদ্রে।

মায় পাক্লে অশিবনা
লানঙম ফিরাল হাইগৎখ্রে।

গ্রহসিদা
হৌজিক
অশিবা নত্তনা
লৈত্রে অহিংবা অমত্তা।

## মদুনরা শর্মিলা

নহাক
খোঙনাং পান্বী অমনি
মশা মরেং ফনদোক্কুনা
লেপ্লা হৌরিবা।

মদুনরা,
পোষ্টর থেৎফম
ওষ্ঠোরক্লিবা নঙবু
ঙসিগী মীয়াম্না ?●

মচুশিংগী মচু ঃ ৪২

## উষ্টাদ ইশা

উষ্টাদ,
নঙগী
থৰায় হকচাংনা
ওনখিবা
তাজমহল

ওইরে ঙসিদি
পূম্নমক্কী
মীৎয়েংনফম, মীৎতানফম।

চক কয়াগী ৱারী
লীরি ঙসিসু
শাহ্জানগী
মমতাজগী
নঙগী
পূম্নমক্কী।



ইশা,
কয়াদা লাইবক ফগ্রবা
নহাক অমদি নখোয়সে!

শিবা হায়বদুদি
মীওইপোক্কীনি।

শীংনরমদ্রবা অশিববু
হায়য়ু উষ্টাদ,
লৈরমখিগদ্রা
ঙসিগী তাজ?

মচুশিংগী মচু ঃ ৪৪

# অজমল কাসব

নবেম্বর ২৬, ২০০৮
মুম্বাই টেরর এটেক।

নখোয় তরাগী মনূংদা
অজমল,
নঙতমক হিংহৌখি।

চহী অমগা থা মঙাগা নুমীৎ মাপলনিগী মতূং
মে ৬, ২০১০
চৈরাক ফংলে নঙ শিবগী।
শেমদোক্লবগী থাজবা লৈত্রবা মীওই অমবু
হিংহনদুনা থম্বা হায়বসে
খুদোংথীনিংঙাই ওইগনি হায়বা ৱায়েলগা।

মীয়াৎ লাউথোকপগী মীৎকুপ্তা
নঙগী মীৎলুদৈ পিরাং শিম্থখি
লেপখি নুংশুক নুংজাননা।

হরাও মথোই কানখি মুম্বাইদা
বোম্বুলা থাদুনা, ঢোল থীনদুনা।

হায়য়ু অজমল,
নঙবু হন্না শেমদোকপা ঙন্নরোইদবা টেরোরিষ্ট অমা ওইখিবরা
ওইখিবরা মীওইবা খুন্নাইগী তশেং তশেংবা য়েক্লবা অমা?

চুম্মী,
নঙ অমসুং নঙগী কাঙবুনা
মাঙহনখি মীচম কয়াগী পুন্সী
য়াম্লবা লন থুম কয়া অমসু।

কমদৌনা ওইখিবা নঙনা অসুম্না?

লাক্ষ, লূপা লাক্ষ অমখক্কীনি
অসুম্না ওইখিবা, পূম্নমক ঙমখিবা নঙনা?

লায়ররবা নঙগী অপাজান্না
পেলহনবা ঙন্নকখিদে নঙবু কৈদৌনুং
অদুনা ওইখি নঙ হূই অঙাওবা।
ওন্নখি মমৈদা নঙগী থৱায়গা লূপা লাক্ষ অমগা।

ঙসিদি নঙগী লায়ররবা ইমুংদা
শোয়দনা থিনবা লাক্লম্লগনি লূপা লাক্ষ অমদু
লৌহৌরমগনি কনানা
নঙগী অপাজান,
নঙগী অমিজান
নংত্রগা নঙগী দায়জান্না?●

মচুশিংগী মচু ঃ ৪৬

## নঙনা

কয়াদা ৱাহল্লিবা ঐসে নঙনা!

অঙীংবা য়াওদবা কালেন্থাদসু
অশাবা লৈতবা নিংথমথাদসু
ওৎতুনতা লাক্লি, মীৎকুপ অমফাও পোৎথাহনদা।

অদুগা করিগীনো নঙোনদা অসুক য়াম্না
ঙাওরুরিবা, পামজরুরিবা?

করম্না খুমগনি পাউখুম
কনাদা হংলুগনি, কদায়দা ফংগনি?
ঐ মায়থীখিবা য়াই ৱাহংসিগী পাউখুমদা
ভীমসু নত্তে ঐদি, অর্জ্জুনসু নত্তে
শূপ্নতংগী নঙোনদা ঙাওজবা পামজবা মীশক অমনি।



মচুশিংগী মচু ৪৭

হোৎনদবদি নত্তে
হোৎনরিবনি ঐ মশক খঙননবা নঙবু
অদুবু,
উনা উনা মাঙখি ঐগী মীৎমাঙদগী অসুম
তপ্না তপ্না লাপথোকখি
খনফম খঙদনা ককঙাওনরিঙৈ
মীওইবগী থম্মোয়বু ঙাওহন’ঙন্বা
চূমথাঙ ওনদুনতা লৈরম্মী নঙ।

মচুশিংগী মচু ঃ ৪৮

# ঐখোয়

*"I have nothing to offer you but*
*blood, toil, tears and swear."*
*Sir Winston Churchill*

ঐখোয়সিবু
মীওইবা হায়বদু নৎত্রবজাৎলা?
করিগীনো ঐখোয়না অসুক তোম্বনা হিংলিবা
মীওইবা নত্তবগুম!

অসুম্না হৌরকখিবরা ঐখোয়গী মাঙলমচৎ?

লমহূই -
ঐখোয়গী নিংথৌ

মচু শঙজীনদুনা নমথাক্তা ওইখিবা নিংথৌনি হায়বা
খঙলবা মতমসি ফাওবদা
করিগীনো ঐখোয়না অরৈবা মীনায়গুম
হিংলিবা তুশোন মানশোন্না?

হৌনরিব্রা অসুম্না হিংবসিবু?

শিল্লোংদগী পীরকখিবা
মঙাল য়াওদবা অয়েকপা নুমীৎতুগী মখাদা
ইরমদমসে অসুম্মক লেল্লগদরা?

নোংশানি ঐখোয়
নোংশাদি নোংশা ওইনা হিংগদবনি।

অনৌবা নুমীৎ,
তুংগী মীরোলগীদমক
ঐখোয় লান্থেংনবা তাই।

ইরমদমসিবু
অঙানবা হায়বদু মশক খঙদনা
লোইশিনহনখ্রগদরা অসুম্মক?

অমম্বা ঈপাক তম্না, ঐখোয়বু অসুম চৎখিগদ্রা
হৌগৎলক্লিবা মীরোলশিংসু
লমজিংলগদ্রা অমম্বগী ঈপাকসিদা?

মচুশিংগী মচু ঃ ৫০

মঙ মঙগদবনি
হৌজিক ঐখোয়
অনৌবা নুমীৎ অমগীদমক।
হিংগৎহন্নবগী নত্তে শিগ্রবা অমা
মঙগদৌরিবা মঙ,
ঐখোয়গীনি
ঐখোয়গী তুংগী মীরোলগীনি
ঐখোয়গী লমদমসিগীনি।

অদুনা,
নোংশা ওইগদবনি ঐখোয়।

নোংশাদি নোংশা ওইনা হিংগদবনি।

হিংশি নোংশা ওইনা ঐখোয় ।●

# অঙৌবা খুনু

মহাক্কী গার্দনা কাপলকপা
অঙৌবা খুনু অমা

থোংবা লাক্করি
মাগী পুজারীনা।

চাগদবগী ঙাইহরি
মানা
টেলিভিজন য়েংলদুনা

মোমোন নোকচৈ
মালেমদা অহিংশাগীদমক
মানা থাদোকখিবা
অঙৌবা খুনু উৎলকপদা।

# ইতৈমা

ইতৈমা
'করিনো নুংশিবা হায়বসি?'
থীংঙমদ্রবা ঈচেল অসিনা
য়ৌনিংলিনে ৱাহং ওইনা
নঙগী তোর্বানদা।

ৱাহং ওইনা,

খঙই ঐসু
ইতৈমগী মাঙলমচৎকী পুন্সী
লৈকা ফন্না শাৎকাইরমগনি নুংশিবনা
য়েন্নীংথা ওইনা,
মতমদুদা
নঙগী অতিয়াদা নুংশিবা লৈনম্না
পূমথন থনখিব্রা
অমংবা নোং য়াওদনা

অদুগা হংনীংই ঙসিদি
নঙগী মহৌশা কমদৌরিবগে?



নঙগী অতিয়াদা
পাইরক্লব্রা অমঙবা নোং
মফম মতম খঙদমখৈ-
নোংলৈ নুংশিৎ য়াওন্নদুনা।

মখোয়দুবু ঐহাক্লা?

নঙগী শংবান্নরবা অতিয়াদা-
নল্লবরা ঐনা অমংবা নোংগী শম্বু
বসন্ত ওইরিবা নঙগী মহৌশাদা
অখাক অরাওগী মীৎয়েংনা
নোংথাঙ ওইনা কৃপগ্রবরা?

নোংলৈ নোংজু য়াওরবা অতিয়া ওইরকপদা
মহৌশা নত্তে হায়দুনা
কপ্লদরা নহাক?

পুন্সী হায়বসি করিনো?

মচুশিংগী মচু ঃ ৫৪

ঐগী থম্মোয়নুংদা তারিবা ইঙা ইঙেলগী নোংজুসে
কনা খঙদা
মীৎলু নাপোম অনীসিদা শীন্থুরক্লবা
নাথৈদুনা লৈবা ঙমগদ্রা নহাক
মসিদি মহৌশা নত্তে হায়দুনা?

অমুক্কসু হংনীংই-
নঙগী মহৌশা কমদৌরিবগে?

ফোঙম হায়ঙমদ্রবা
অকনবা ঈরৈ ওইনা
ঊরু ঊরু লৈশিনদুনা লৈরবা
ইথন্তগী থম্মোয়নুংদা
মঙম শানদ্রবা ঈচেল

কদায়দনো মসিগী পম্থুংফম?●

## অশেংবা মরুপ

হাঙলবা য়ু লীক্লি
অমসুং চুরুট উপুগা
তাদুনা লৈমিন্নরি নঙ।

অদুবু
নঙদি অহিংবনি
শোয়দনা মীৎকপ থোক্লক্কনি
হৌগৎলক্কনি।

হেক হৌগৎপগা
শোয়দনা থীরক্কনি নঙনা
তুলি অমসুং মচুশিং
য়েক্লক্কনি করিগুম্বা অমা শোয়দনা
অহাঙবা কেনভাসসিদা।

মসিদা
লীশাং থাদুনা লৈখিগনি নঙগী ব্রাখল।

মচুশিংগী মচু ঃ ৫৬

নঙগী অকোয়বদা
মশক ওল্লবা, মচু শিথরবা
হাঙলবা য়ু লীক্লি অমসুং চুরুট উপু
তপ্না তপ্না ৱাংখৎলক্কনি।

ওইরম্বদি য়াই
নঙগী মরুপসিনা
য়েক্লবা অতৈদদি
নফমদদি,
মখোয়গী মতেংনা
নঙগী অয়েকপা লাইশিংনা
অসুম অসুম ফজরক্লি
মপূং ফাগৎলক্লি।

# ঐখোয়গী নুমীৎ

ঐখোয়গী নুমীৎ

ঐখোয়গী হৌরকফম, লোইফম

ঐখোয়গী ইমা, ইপা

ঐখোয়গী পৃম্নমক

মিরাংদা থুরি

পীক্লবা থৱায় মচা ওইনা।

থক্লি ঈ

মিবাংগী মি

মবুক পেন্না

পেন্না-

মচুশিংগী মচু ঃ ৫৮

২

ঐখোয়গী নুমীৎ
　　　　শিরবা থৱায়

　　　　　　　　ঐখোয়গী খোঙয়াদা
　　　　　　　　নিররি
　　　　　　　　অনৌবা ঈ।

৩

ঐখোয়,
　　　　ঐখোয়গী নুমীৎতা
　　　　　　　　অনৌবা ঈ পীবা তাই।

## হয়েংদি ঐখোয়গী পুর্ণিমানি

হয়েংদি ঐখোয়গী মপূ লাক্কদবা নুমীৎনি
চোপ্পা য়াদে ঐখোয়।

মানা চৎকদবা লম্বেলশিং
সনানা ইন্দ্রী শীৎহনদুনা
য়েংবদা মচু তানা নীংথিজহল্লু।

লম্বী মতাইগী পোৎয়োনফমশিং তকথোকউ
অৱাবা খাঙবা হৈরক্কবনি মখোয়দি মহৌশাদগী
থোইনা খল্লুনু মখোয়না অৱাবা খাঙবগীদমক।
ঐখোয়দা মরু ওইরিবসি
ইরমদমসিগী মীওই খূজোক অমনা শাউখিবদু নত্তে
ঐখোয়দা ওইজনাম ফংহৌবদুনি।

শেমজিল্লু, শেংদোকউ, উফূল থাংহনগনু, মওং তাহল্লু
ঐখোয়গী মপূনা চৎকদবা লম্বেলশিংগী নাক য়েং।



মচুশিংগী মচু : ৬০

হয়েংদি ঐখোয়গী মপূ লাক্কদবা নুমীৎনি
চোপ্পা য়াদে ঐখোয়।

লমদমসিগীদি মপূনি ঐখোয়না
ঐখোয়গী মপূগী মফমদনা
ঐখোয়সে মীনায়নি।
মীনায়দি,
মপূগী পেন্নবা তৌগদবনি।
মদুদতা ফংহৌগনি
ঐখোয়গী খুদোংচাবা।

লমদমসিগী লোয়শঙ খূদীংমক্কী ফম্নাইবশিং
ঙসি হয়েংদি পোৎথাদনা নথৌ নীংথিজনা তৌ নখোয়।

মপূ মানা উগদবা, হংলক্কদবশিং
সনানা ইঙ্গ্রী শীৎহনদুনা নীংথিজহল্লু
অদুগা
মানা হেক উবদা মওং তারোইদবশিং
খাজিল্লু, উহনগনু থৌরাং অমা তৌদুনা।
শেমজিল্লু, শেংদোকউ, উফূল থাংহনগনু, মওং তাহল্লু
ঐখোয়গী মপূনা চৎকদবা য়ৌগদবা মফমশিং।

হয়েংদি ঐখোয় পুর্ণিমা ওইগদবা নুমীৎনি।•

# হন মানদবা হন

ইশানা য়ানা
হনগী কোমদা চোংথজরক্লবা ঐ
চীরোল অমদি তারক্লি
তাফম থোক্রুবা মফমসিদা
নাপ্লা চীক্লা হন্না হন্না
থেল্লিমাল্লে
হিংখো হায়না ঐবু।

তারীবসে হন মচাগী মখোলদুনি
মরক্তুদা য়াওরক্লি
মহাক্লা হন ওল্লকপগী ব্লারীসু।

নখোয়গী অপূম্বা মনমদা
ঙাওজরম্বা ঐসে,
থিংবিররে নঙনদি
হিংলুখো অহিংবশিংগী মরক্তা হায়দুনা
তাম্থোকপীররে
হন মচা নহাক্লা।

মচুশিংগী মচু ঃ ৬২

# মৈরী অমসুং মৈরানবী

মৈচাক ফরিবা
মৈরী অমদা
মৈরানবী কয়ানা পাইশিল্লক্কুনা শিজৈ
অদুগা তাদুনা লৈরি অকোয়বদা।

মৈচাক ফরম্বা মৈরী
তপ্না তপ্না নেমথরকই।

চোংশিনদুনা শিজখিবা
মৈরানবীশিং
ইচাই চাইনা তাদুনা লৈরি
অকোয়বদা।●



# লম্বী

লম্বী অসিদা
ঐ কদায় য়ৌনা চঙশিলক্লবগে?

নাক য়েৎ, মাঙ তুং
অমতসু উগে ঙমদবা
শূপ্নতংগী ঐগী খোঙদাফম অদুতং
উবা ফংলিবা।

লম্বী অসে
কয়া য়াম্না শাংবগে
ঐ খঙদে।

লম্বীসিগী মরমদা
করিমত্তা খঙদ্রবসু

থৌনা অমদি পীরি ইফমদা
অকিবা হায়বদু লৈহনদনা

অমম্বনা কোয়শিল্লবা
লম্বীসে
কয়াদা থৌজাল হৈরিবা!

মচুশিংগী মচু ঃ ৬৪

## অনক্লেম বোদি

সিফাইগী কেম্পতা
বোম লংশিল্লুবা মীওই অমা
কাপতুনা হাৎখ্রে।

অনক্লেম বোদি ওইনা
লৈরি মোর্গতা।

কনাসু লাক্লরোই।

মাগী ইমুং মনুং অমদি
কৈরোল লৈকাইগী মীওইপুন্বা
পুন্সী পিখমনখ্রবনি
সিফাইশিংসিগী খূৎতা।●

## ঐগী লমদমগী প্রজাশিং

ঐগী লমদমগী প্রজাশিং

কুইরে,
ব্রাখল মনীং তমজরক্ত্রিবা।

(২)

ঐগী লমদমগী প্রজাশিং

রোবোটকী মচা ঙাক্তনি।

মচুশিংগী মচু ঃ ৬৬

# অখোইবী মমা

বেষ্ট মাদরগী মিংথোল ফংলবী
ঐখোয়গী ইমা,
খোমখক্লাই চুরবা
চি থুংলবা
মচা ঐখোয়বু মথানুংদা চেজেৎ কোল্লগা
মীৎলুদা পিরাং শীন্থজরবসু
চীনবানদা মোমোন নোক্লগা হায়রকই,

ইচাশা,
নখোয়বু খাণ্ডুথক্তা হিংথৎ থৎখিগদবু পাম্মুবনা
ইমানা নখোয়দা খোল্লাং মরীক অমত্তা পীথকখিদবনিকো।●

# য়েকপা ঙমদ্রিবা শক্তম অমা

মপূং ফাবা শক্তম অমত্তুং নঙগী
হোৎনবা কুইরবনি য়েক্কে হায়না
ঙমদ্রি ঙসিফাওবদি।

মশীং য়াম্লবা কেনভাসতা
ইচাই চাইনা লৈরি
নঙগী শক্তমনা মচেৎ মচেৎ।

য়েকপা ঙমদ্রিবা শক্তম
কয়াদা ব্রাহল্লিবা ঐ!

কেনভাসশিংগী শক্তম মচেৎ মচেৎ
তাশিনদুনা অনৌবা কেনভাস কয়াদসু
য়েকপা হৌরুরবনি নঙগী শক্তম
অদুবু
অমত্তা মপূং ফাহনবা ঙমদ্রি ঙসিফাওবা।

মচুশিংগী মচু ঃ ৬৮

মশীং থীঙমদ্রবা কেনভাসনা
ঐগী চাউরবা কাসু থনজিনখ্রে
লৈত্রে অনৌবা কেনভাস অমগী মফম ফাওবা।

হে মপূং ফানা য়েকপা ঙমদ্রিবা শক্তম
কৈদৌঙৈনো ঐনা নঙবু মপূং ফানা য়েকপা ঙমগদবা?
নঙগীদমক মতমচুপ্পদা খল্লি ঐ
মপূং ফাহনবদি খক ঙমদ্রি নঙবু।

# মণিপুর ঃ শক্তম অমা

মণিপুর

অৱাবা কাঙবুনা
পঙৱাদা ৱায়
        নহাক্কীদমক
                চাবা মচেৎ, তূম্বা মচেৎ
                হূমাং মনম চেনবমখৈ।
নুংঙাইবা কাঙবুনা
পঙনুংদা নুংঙাই
করিসু খনদনা
        নহাক্কীদমক
                ফি থোংদ্রবী নুপীশিংদা য়ুঙাঙ হৈহনদুনা
                শিকারগী হূই থমদুনা।

মচুশিংগী মচু ঃ ৭০




(২)



নুমিদাং,
মপূ নীংবা
শিকারগী হূই
মফম খূদীং লৈ
মপূবু শঙই।
মখোয়না পীক থল্লি
অতৈ অতোপ্পা অমগী চৎফম লৈতে।

মচুশিংগী মচু ঃ ৭১